[illegible] collection of [illegible] poems written by Angom Sarita Devi, published by [illegible] Langthon [illegible] the Manipuri Literary Society, Imphal-795001, Manipur.






[illegible] মণিপুরী লিটরেরি সোসাইটি, ইম্ফালগীদমক ফোঙবা, ২০১০

মখুমগী দিজাইন ঃ [illegible]

লপা ৯৫ (মীবক্তবা মখা)

ফংফম ঃ ১. অইবীগী য়ুম
২. মণিপুরী লিটরেরি সোসাইটিগী ওফিস, এসেম্বলি রোদ, ইম্ফাল
৩. ইম্ফালগী লাইরিক য়োনবা দুকানশিং

অইবীগী ফোঙখ্রবা শৈরেং লাইরিকশিং ঃ
*অঙাঙবা গুলাপ*, ২০০৩

সোফ্ট প্রিন্ট, সেগা রোদ থৌদা ভাবোক লৈকায়, ইম্ফালদা টাইপসেট তৌরগা সিরোই ওফসেট প্রিন্টর্স, থৌবাল কৈথেল, থৌবাল—৭৯৫ ১৩৮, মণিপুরদা নম্বা।

# অইবীগী ৱারোল

ঐগী অনীশুবা শৈরেংগী লাইরিক ওইনা পুথোকচরিবা *মী অমসুং শা* মিংথোনজবা লাইরিক অসি ঐগী অহানবা শৈরেংগী লাইরিক *অঙাঙবা গুলাপ* (২০০৩) ফোঙখ্রবা মতুংদা ইরকপা শৈরেংশিং খোমজিন্দুনা লাইরিক অমা শাগৎচৈ। শৈরেং খরদি চেফোঙ অমসুং পাউচেশিংদা চোইনা চোইনা হাপখ্রে। লাইরিক ওইনা ফোঙলমদাইসিদা শেমদোক শেমজিন তৌদুনা মমিং ওন্থোকপা ফাওবা য়াওখ্রে মসিগীদমক অপাবশিংনা ঙাকপিগনি।

লাইরিক অসি পুথোকচদ্রিঙৈদা মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটিগী মেম্বরশিং, এদিটরিয়ল বোর্দকী মেম্বরশিং, তামো দোনেশ্বর কোন্সম, তামো খোলচন্দ্র অথোকপম, তামো থৌদাম নেত্রজিৎ সিংহনচিংবনা চেকশিন্না য়েংবিখি। সাহিত্যগী লম্দা শক্লাইরবা মীয়াম্না থোইদোক হেন্দোক্লা শকখঙনরবা ইকায়খুম্নবদা মতীক চারবা কবি রঘু লৈশাংথেমগা তান্নজরুবদা মমল য়াম্লবা পাউতাক কয়া পীবিরকখি। লাইরিক অসিগী মিংথোল অসিমকসু ওজানা থোনবিখি। পূম্নমকসিগী মথক্তা মশাগী অচিনবা কয়া কাইথোকপিদুনা বানানগী অরান-অহুই কয়া চুমথোকপিখি অমসুং লাইরিক্কী প্রুফ য়েংবিখি। ওজাগী তৌবিমল পুন্সিগী কাউজরোই।

লাইরিক্কী মখূম য়েকপিখিবা তামো ঈশ্বর লৈশাংথেমবু হায়নীংঙাই লৈতনা থাগৎচরি।

লাইরিক অসি টাইপসেট্টিং তৌবিখিবা সোফ্‌ট প্রিন্ট, সেগা রোদ থৌদা ভাবোক লৈকায়, ইম্ফাল অমদি নম্বিখিবা সিরোই ওফসেট প্রিন্টর্সকী ইচীন ইনাওশিংগী মফমদসু তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

সেপ্টেম্বর ২৭, ২০১০

অইবী

# সেক্রেটরীগী ৱারোল

সাহিত্য একাদেমী, ন্যু দিল্লীনা শকখঙলবা মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি, ইম্ফাল ইং ১৯৮৫দা সাহিত্যবু নুংশিজবা নহা ওইরিবা অইবা কয়ানা শেমজখিবা সাহিত্যগী সংস্থানর্নি। ঙসিদি সোসাইটি অসি চহী কুনমঙা শুরদুনা দিসেম্বর ৮, ২০০৯দা চহী অমা চুপ্পা পাঙথোকচগদবা 'লুপা ফুদোংবা চহী' পাঙথোকপা হৌজখ্রে। থৱায হকচাং যাওনা মণিপুরি সাহিত্যগী সেবা তৌজবগী মহে ওইনা সোসাইটি অসিগী অইবশিংগী লাইরিক্তা লমদমসিগী সাহিত্যগী সংস্থান কয়ানা পীবা মনা কয়া ফংলে। অসিদা নত্তনা লেমজনীংঙাই ওইরবা সাহিত্য একাদেমী মনা ফংবা সংস্থান অসিগী অইবা কয়াসু য়াওরে। মণিপুরী সাহিত্যগী অইবশিংবু পুক্লিং থৌগৎপা ওইনা 'সেরাম মুক্তা মনা' হায়বা মনা অমসু পীজরি। ঙসি ফাওবদা সোসাইটি অসিনা ফোঙজবা লাইরিক মশীং ৪৪ শুরে। হন্দক্কী অঙোম সরিতাগী *মী অমসুং শা* হায়বা শৈরেং লাইরিক অসিনা ৪৫শুবা লাইরিক্নি। মণিপুরী সাহিত্যবু নুংশিবিবা খ্বাইগী মফমদা শৈরেং লাইরিক অসিমসু খুৎশিন্নজরি।

ইম্ফাল
০১/৯/২০১০ ইং

**চোংথাম নন্দা দেবী**
জেনরেল সেক্রেটরী,
মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি
ইম্ফাল

# য়াওরিবা শৈরেংশিং

## মীহাৎ অসিদা ঐ

হিংচা য়াইতম্বগী লৈবাকসিদা
পোকপগা ঐ
কুরাও হং চন্দুনা লৈরল্লে।

শিখ্রে মরাল সুকখঙ খঙদনা
মীশি অসিদা
হাৎখ্রে মীহাৎ অসিদা।

হৌজিক্তি ঐসু
পোল্লুবসিনা ইরাল ওইদুনা
শিবা তারমাল্লে
মীশি অসিদা
মীহাৎ অসিদা।

ওগষ্ট ২৯, ২০০৯

## রেশন কার্দ

তশেংনা লায়রবনিদি খঙলে ক্বাকৈ
রেশন কার্দ পায়রবনিনা
অদুবু
ঙসি ফাওবদা টেবলদা য়েনখিবা
চেঙ হৱাই অমতা
চারক্তি।

অদুক য়াম্বা মচাশিংদু
থাক্লক্লি মশাগী হূমাংদা শুমদুনা।

রেশন কার্দ
লমদমসিদদি ইনাকখুনবা অমগী মমিংনি।

মার্চ ১২, ২০০৩

## কৈন্যা

পুবিখি নোংমা
দোলাইথক্তা
য়েন্নীংথাগী হৈনম লৈনম্না চূরবা
তনৌ তনৌরবা মায়থোঙ পুদুনা
লাইরেম্বীগী মতৌগুম।

ঙসিনা
থোঙ্গৎপিরি
কোকথক্তা পোৎলূম কয়া
মথং মথং।

কৈন্যা :
লৈরি উপাই লৈত্রবা লোম্লোক্তবা অমগুম
কিশিল্লদুনা
ফিজিদা চেৎনা নুংশিবা মনম
মচা অমসুং মপূরোইবগী
পুদুনা চৎলি পুক্সি হিদেন খূদিং।

মার্চ ২৭, ২০০৩

ব্রাহং

তৎতনা হৌদোক্লি
থব্রায়শিংনা মোংফমবু
অনৌবা কনাগী পাউ
তাবগে হায়না।

ব্রাহং
চেন্দুনা পুখি ক্বাক অমসুং উমাইবীশিংনদি
ঙাইদুনা লৈরিবা মচাশিংগীদমক
ঈ তৈরবা শদুমশিংগুম।
এপ্রিল ৩, ২০০৩

# অওনবা

লৈরম্মী
সভ্যতা অমগী
মীরোল অমা।

ঙসিদি
লোইনা ওনখ্রে
মতু চোম্বা মী।

অওনবা
মফি থোংদ্রবা মতমগী মমাশিংদি
হাইরি নাউশুম সভ্যতাগী অমম্বদা
য়েংলি অঙাংশিংনদি
সভ্যতাগী শহরদা
ইতিহাসকী অমোৎপা মপৈ মপৈশিংগী মরক্তা
থোঙ লোনশিনখ্রবা ফাদোকশিংগী
মীহুৎথোঙ হাংদোক্লুনা।

মে ১১, ২০০৩

## লিক্লী অমসুং নুপী

কায়গল্লবা মপোক্লি
কায়দ্রিমখৈ মমল লৈবা
কায়খিবা মীকৃপতা
লোইখি ফজবা নীংথিবা।

পূম্নমক।

মে ২০, ২০০৩

## অরেপ্পা মমল

মীগী পুন্সি মমল য়াম্মী
শিনবা য়াদে পোৎশক অমতনা মহুৎ।

অদুবু
সরকারনা লেপ্লদদি
মী অমগী মমল
লাক্ষ অমখক্তনি।

অসুম্না শিপ্রবা মীশিংনা
ইতিহাস কয়া ইরম্মী
লমদমসিগী চেনা খূদিং
অঙাঙবা মচুগী ময়েক্লা।

অরেপ্পা মমল :
মীহাৎপূংগী সেরফালা অমদা
হন্না হন্না হাপ্লদুনা
মোংফম খূদিং মৈ চূরি।

মমাশিংদি
থা তরা নাউপুদুনা পোক্লি
অঙাং কয়া কয়া
মী অমগী মমল লেপ্লবা।

জুন ১৫, ২০০৩

## চরূগী মী

চরূগী মূর্তি
নও শাখি মীচমগী পুন্সি ওইনা
মতমগী লৌবূকশিংদা।

চরূগী মী
নখোয়গী ইতিহাস লৈতে মালেমসিদা
ইবিনবা মীসু পোকখিদ্রি
মমা অমতগী শিয়োমনুংদগী ঙসিফাও।

ঙসিদি
চরূগী মী কয়া
শহরসিদা চৎলি
হয়েংগী লম্বীদা ব্রা অমতা ঙাঙবা ঙমদনা।

সেপ্টেম্বর ২৮, ২০০৩

## হল্লকখিদ্রবা

ৰাউরি ৰাউরি মঙম শান্দ্রবা
নিংথম নুমিৎনা
লোৎখি নোংচুপ চীংগী মরুমদা হৈনীংদনা।

খুলগী শঞ্জেন্নহাশিংগী
শনগাবকপা মায়কৈ তম্না
ফুৰাউনরবা মমাশিংনা
কৌরি হল্লকখিদ্রবা মচাবু।

থিরি
অচীকপা অহীং খূদিং
ইহাঙ হাঙলবা খাংপোকশঙশিংদা।

খুলগী মৈরাদি
হাই হুন্নি নোংলৈ নুংশিৎ মরক্তা
অমম্বা অহীংগী মৈঙাল ওইনা
মমাশিংগী মমাঙদা মোংফম খূদিং।

ওক্টোবর ১২, ২০০৩

## খবরগী লামায়দা - ১

মতমসিদা
খবরগী চেনা খূদিং
অশিবশিং তূন্নি মীকপ থোক্তনা
মমাগী নুংঙাইরবা মতম্বাক্তুম।

নোংমৈ মখোল খূদিং
তারম্মী অশিবা হকচাং
অদুদগী হেন্দোক্তুনা
উবা ফংই
মমীৎ মমায় খুমজিন্দুনা
নোংমৈ চীন্দোন্দা থরাক থরাক য়াল্লিবা থব্রায়
অদুগা
ইরি মরালগীদমক শিংবগী চৈরাক পীরগনি।

ওহ! ঈশ্বর নঙনা ফাওবা
হায়বা ঙমদ্রি মীওইবগী মরাল
অদুবু
ঙল্লবনিকো মীওইবনা মীওইবগী মরালবু হায়বা।

নোংমৈ মখোলনা নুংশিরবা ঈশৈ ওইরক্লবা
মতমসিদা
লান্দ্রিবসিবু নোংমৈ মরুরা?

দিসেম্বর ১৪, ২০০৩

## লৈকোলসিদা

অশংবা ঊনানা থিনগৎলক্লি
অকংবা ঊনাগী মরুমদা
কিনা কোয়না য়েংলদুনা
মখোয় মশেল চিবোন চিবোন ঙাঙনৈ।

"হৌজিকপু তাখিব্রা নোং নৎত্রগা লেন
হূম! মতম নাইদে নোং অমসুং লেনগী
হৌজিকসু ইখঙ খঙদনা তারকপা য়াই
অখাক অরাও লোয়নরবা লেন নৎত্রগা নোং
অদুনা
লৈশিংনা লোইনা মরু লূকথরি
ফংখি হৈনদবা শহূম
তাখি বূটকী লূল্লবা মখোল
মীতল্বালশিংদুনা থ্রোক থ্রোক তানা
নৈখায়রক্কবা লৈকোলসিদা
অপোম্বা লৈশিংনা কপ্লি নুংহীক্লনা লৈখোক্তা
ঊফূলদা তারবা লৈমন চল্লবা লৈশিং ঊরগা।"

লৈকোলসিদা
লৈ কয়া শাৎলি কেল্লি শাৎপদা ঙায়রিবা লৈশিং
তাদুনা লৈ লৈমায়থকসিদা লৈ অমসুং কুরাক।

মার্চ ৪, ২০০৪

## থৌরী কোঙ্গোয়

চিংলি
খ্বাঙদা থৌরী লাক্লুনা
ক্রক ক্রক ফাজিন্দুনা
থৌরী চিংবী শান্নরি
য়েক্লবা নংত্রেগা চূঙ্গোয় ওইনা।

অসুম খূজিল্লকপসিদা
অসুম চপশিল্লকপসিদা
চনীং তানা স্বর হোনবা ঙল্লক্করে।

অতিয়া
নঙগী নথানুংসিদা হিংনবগী
খাঙবা ৱারে
থা-থৱানগী মঙাল
অমতসু উবা ফংদরে অমম্বনা।

চহী কয়ানি হিংলক্লিবা অসুম্না
খোল্লাউ অমতা লাউজবা ঙমদনা।

ঙসিসু
থৌরী কোঙ্গোয় হূকচিল্লক্লি
হিংবা অমসুং শিবগী ফাঁসি শগাইদা
মতমগী খূৎশিংনা য়েক্লবগুম।

লৈরি লানফম অমগুম

কৈশুমশঙগী বন্দি ওইনা
ৰায়েল য়াওদনা কৈদৌঙৈ
দন্দি তৌগদৌরিবনো খঙদনা
ফাঁসিগী মতম ঙাইহ্রি।

মে ১৬, ২০০৪

## লৈক্রক

চীনবানথোংদদি
ঐখোয় মশেল অমতনি
থম্নরি থম্মোয়দদি থরুম।

লেপ্নরি
লৈক্রক চৎলবা লৈমায়দা
নাকপাক নাকপাক তানা
খোঙফম শেম্নদুনা।

লৈক্রক
খৌরাংনা ঙাইহিরিবদি নোংলীকনি
অমত্তা ওইখিনবা লৈমায়শিং।

জুন ২০, ২০০৪

## কাকফৈ

কাকফৈ!
ব্রানা শূ-নোমজরিবা
লৌমী শিন্মীগী ঈ থক্তুনা হিংলি
চারোল কয়া শন্দোক্তুনা নুংঙাইনা।

কাকফৈ!
হৌজিকসু লৈ
শহর অমসুং খুঙ্গংদা
লায়রবশিংনা শাখিবা ফূরা দলানশিংদা।

হৌজিক্তি
গণতন্ত্রগী কলমসু
ওল্লক্লি কাকফৈ
লৌমী শিন্মীগী ফাইলদা।

কাকফৈ
ঙসি ওইরক্লি নেতা অমগী মমিং।

জুলাই ১৬, ২০০৪

## খাম্বী মৈ

কমদৌনা মাঙখিবা মিনুংশিনো?
করম্বা লম্বী লমদাংদা খাইনা থৈনখিবনো?
খাগৎনখ্রে পল ব্লাংনা ব্লাংনা
থম্মোয় থম্মোয়দা।

অদুগুম্বা,
ইপা ইপূ খুম্মোকগুম্বা
মচীন মনাও ওইবগী
নুংশি লংলানা চেৎনা পুন
কাউদা খূদম থম্না
ময়াম্বনা চীংদা কা মনাওনা তমদা তা
লম্মৈ য়েংলে ময়াম্বা লৈরি খঙনরমগুম্বা
মেরা থাউমৈ উরগা
মনাও হিংলি উৎলমগুম্বা
পাননাও-শিংনাও খায়না চামিন্না
শেগা-মাইগা পাউহংনা
ঈংনা চীক্লা পানমিন্নরম্বা লমদমদো
ঙসিদি
চাক্লি চীংদসু তমদসু
থম্মোয় খূদিংমক্তা খাম্বী মৈ
উনবা ফংনদরে অমনা অমবু।

ওগস্ট ১৩, ২০০৪

## অহীং

অহীংগী ফিজওনা
চেক মোক লাউদনা কূপশিনখিবদা
পাঙ্গল থোকপা ওমখিদে
অয়ূক্কী অনৌবা মপাউ
ঙাইবা নত্তনা।

ওগষ্ট ২৭, ২০০৪

## খবরগী লামায়দা - ২

অঙাঙবা ঈখেংনা

মচু শঙলবা

খবরগী লামায়শিংদা

তারি

মপূরোইবা কায়নরবী নুপীশিং

মচা কায়নরবী মমাশিংগী

পাউখুম ফংদ্রবা ব্রাহংশিং।

ওগষ্ট ৩০, ২০০৪

## মৈতৈ নুপী

দ্রৌপদী
ইকায় থীবদনা গুণ ওইহ্রিবী
ইজ্জৎতবু চেৎনা থাগোন্নজবী।

ঙসিদি
নঙগী খূজেঙ পায়দুনা
মুনবিশ্রবদা নফিশিং
মাঙহনবিরবদা নমদুনা ইজ্জৎ
খাঙবগী পন্দোম লোম্লক্লে।

হিংনা হিংনা শিরবদা
কান্নরিব্রা ফি থোংলুবগী।

ইশানা ইশাগী ফিজোল লৌথোক্লুনা
ইজ্জৎকী ফিজঙ হাইদোক্লুনা
লেপ্লরে মৈগী কুণ্ডদা চোংথদুনা
লানফম অমগী অরোইবা
থোঙজীনদা থৌনা ফনা।

সেপ্টেম্বর ৫, ২০০৪

## কপ্নি লাইফদিবী

অউনপোৎকী লমজেলদা
খুঙ্গংসু য়াওশিনখ্রে।

ওহ! হৌজিক্তি হাৎতোকপিরগনি
খুঙ্গংগী নুপীমচাশিং
অনানবা লৌরীদা
মীৎয়েং থমদুনা
মরু লূক্লা খোঙ থাংলিবীশিং
চেকশিন্না খোঙফম শেন্নজরিবীশিং।

মনেমবোক্তু নুপীনি
মমৌবু হাৎতবা ওইস়নু।

পাউ অমা শন্দোরক্লি
নুপীমচাশিং লৈ হূকখ্রে
উপালশিংদা লৈ লেংদুনা
কিরবা মনেমবোকপু য়েংলগা।

মতমসিদা
তারকই লাইফদিবীশিংনা কপ্পগী খোঞ্জেল।

সেপ্টেম্বর ১২, ২০০৪

## মৈসিদি মৃৎলরোই
(চিত্তরঞ্জনদা)

ইমা,
অমম্বগী ফৈজ্রূপনুংদা
কুইনা নাউশুম্লক্লবা নচাশিং
ঙসিদি মীকপ থোক্লে।

থোরক্লে নূংগা য়েরুমগা
কাওনবগী লানফমদা
য়ুংলদুনা পজেঙ ফীরাল থম্মোয়নুংদা।

তুরবসু হঞ্জিন হঞ্জিন
তুরোই ঙাম্লোই মঙম শান্দ্রবা খোঙথাংনা
চীংলোন ব্রাংমগী শাফৃ কল্লবা
অমুবা নোংনা থ্রোক থ্রোক তানা
হোমহনবিরবা লৈমায়সিদা।

খাম্বা য়াররোই ইমা নঙগীদমক
মোংফম্মু লেঙ্গোন্নদুনা থোরক্লিবা নচাশিংসে।

মীৎনা উরিবা মৈদি
খাম্বী মৈকন্নবা ঙমগনি
নুংগী পেন্দবগী মৈরীনা
থম্মোয় খৃদিং খাম্বী মৈফম ওইরবদা
মশানা মশাবু মৈ চুজদুনা
মৈনুংদা চোংশিল্ল ফাওবা

## ইরাবত

মিহৌখিদে পামখিদে
সনা শঙ্গায়
ফিরাংজি ফিদাথক্তা য়াওনবা।

পামখি
লৌমী শিন্মীশিংগা
লেঙ্গোন্নদুনা চৎমিন্নবা।

লেনখি
লৌমী শিন্মীগীদমক
চীংনুং মান্নুংদা
ঊনাগী খাঙপোক্তা।

কমরেদ
নঙদি লালহৌবনি
নিংথৌগী শূপ্লম নীতিগী
অমাং-অশেং খায়বগী মায়োক্তা
লান্মীনি
তোল্ল-তারবশিংগী।

নঙদি মায়থোঙ য়ান্মী
বাখল মীৎয়েং পাক-চাউই
নঙগী খূৎশানা শোক্লমদবা
করিবু য়াওরিবগে?

নঙদি লৈবাক নীংবনি
আর্টিষ্টনি, শান্নরোয়নি, খূৎমাবনি।

ঙসিসু
নঙনা শেল্লম্বা লীক্লম কায়দরি
নঙনা হুল্লম্বা চারগী
কাঙ্খূল মূৎতরি।

নোংদম থীবা বিধাতানা
থূপচিনখ্রবসু নঙগী ৱারী
লোৎশিনখ্রবসু অঙ্গো চীংশাংনা
নঙগী থম্মোয় শোক্লবা ইতিহাস
হেল্লক্লি নঙনা থাংলম্বা
থাঙ্গোলগী ময়াদি থৌবা।

সেপ্টেম্বর ২৬, ২০০৪

## ঙাইবা

নোং লেপ্তুনা চুরি
কোয়চং চংলি
নুপামচা অমা
কোল্লদুনা নুমিৎপু মথানুংদা।

চেগী হিদি তাউথরি
শকখঙদবা তোর্বান তম্না
অঙাংশিংগী মখূৎ মচা মচানা
শাজবা চেগী হিশিং
ঈথক ইপোমগী ঈপাক্তা।

ঙাইবা
ছাতিনসু য়াওদে নোংদি কন্না তারি
লোইনাই খম্নাইদনা
পূমচোৎ চোৎলি অঙাংশিংগী মশা পূম্না
ঙাইরি
মমাশিংদি অঙৌবা ফিজোল শেৎতুনা
মচাশিংনা লাকপা মায়কৈদা।

ঙাইরি নুপীমচাশিংনা ঙসিসু
মোংফম খূদিং লৈ কৎনবা
শীন্থরি পিরাংনা থম্মোয়গী ৱাহৈ ওইনা।

ওক্টোবর ৮, ২০০৪

## উপাল অমা

ইখণ্ড খণ্ডদনা উপাম্বীদু
উতাংবীদুনা তপ্না তপ্না য়োৎশিল্লকই।

উপাম্বীদু উতাংবীদুনা খৌরী চরম মেৎলকপদা
তপ্না তপ্না কংশিল্লকই।

হৌজিক্তি
উপাম্বীদু হৌরি হায়বদা মণ্ডায়রে।

উপাম্বীদু
উনা পূম্বা কেনখ্রে নাকেম্ল্বা নৎত্রবসু।

য়েন্নীংথা কয়া লাকখি
উপালদি অনৌবা উনা চোংলক্লে।

উতাংবীগী
অশংবা অনৌবা উনা জগোয় শারি
হাইনা হুয়া।

ওক্টোবর ১৩, ২০০৪

## ভোট কাবা নুমিৎতা

লাইনিংথৌ লাইরেম্বী
হরাওবগী নুমিৎতু মীনা কৃক কৃক ইন্নে
অথেনপোৎনা চোল্লি লাইবৃংদু।

লাইনিংথৌ লাইরেম্বী মনাইশিং
থৌগল লাংগন চঙনা
সেবা তৌই পেন্ননবা
মচাক অকাবা মরল অথোইববু পীনবিনবা।

লৈবাক মাইবা অমাইবা
নিংথৌ মাইবী অমাইবীনা
চাকহোঙনবা ঙাহোঙনবা
খুঞ্জাওনবা লৈচাওনবা
হোয় য়া-য়া লাউনা
হরাও মথোই কা নুংঙাই মপাল শানা
লোইশিল্লি খোইয়ুম লাইতাইননা
লৈশেম্লোনগী থাঙগা থাঙগা
তাগা তাগা চোঙগা চোঙগা।

ওক্টোবর ১৮, ২০০৪

## অমম্বসিদা

কুরাক্কী জগোয়গুম
মঙালনা ঐ নৈরি উৎলম্মী ঙাইহাক্তং
অদুগা চৎখি
অমম্বগী মীহুৎথোঙদা
লিৎফেৎ লিৎফেৎ য়েংলম্লগা।

চঙনীংদে মঙালনা অমম্বদা।

উনবা য়াদনা মূক্লরিবা অমম্বদগী
নাম্থোক্তুনা চেল্লকপদা
অমম্বনা খূদাং তাপ ফাখি
অদুগা
খূৎ তুংবুন্নরগা য়াদা ফীবুল নমদুনা
মীৎ অনী খুমজিনবিখি।

মঙালগা শকখঙনজনীংবা কয়া
থম্বিখি অসুম্না
উপায় নৈত খঙনা খঙনা উনা উনা
লূপখিবা তাবনি
ঐ নঙ মা অমতা ওইনা অমম্বসিদা।

এপ্রিল ২০, ২০০৫

## বিচার লৈতে

মীবু
শা-ঙা হাৎপগুম হাৎলিবশিং অসি
মানবদনি
থৌনা ফবা ইচং থৌবা
তশেংবদি মখোয় য়াম্না
শোনবা জীবনি।

মরমদি
বিচার লাকপদা
য়াজনীংদে মশানা মরাল
শূপ্লতগী
বিচার লৈতবদগী
মী হাৎপা ঙম্লিবনি।

এপ্রিল ২৩, ২০০৫

## মমাশিংগী পি

মমা ওইবীগী মিনুংশিগী
শম্বলনা চেংনা খাজিন্দুনা
থল্লবসু মচাবু
কনবা ঙল্লরোই।

মোংফমগী মৈরী চাকখৎলক্লে
অদুগা
শন্দোকখ্রে লম্মৈগুম
মায়কৈ খূদিং শীন থুংনা।

কনবা ঙল্লরোই
চাকখৎলক্লিবা লম্মৈসি
তারক্তে নোংলীক অমতা
কুমগী নোং অমম্বা অতিয়াদগী ঙসিসু।

মংলম্বা নোংসু
হুমদুনা পুখ্রে নোংলৈ নুংশিংনা
হৌজিক লৈকংলানি লমদমসি।

মূৎহল্লি
মমাশিংগী পিগী ঈরীকশিংনা
নোংমা য়েন্নীংথা অমগীদমক।

এপ্রিল ২৫, ২০০৫

## শীংনবা

সড়ক মচী লমহাঙ মচীদা
চেন চোংদুনা
শান্নরিবা অঙাংশিংদু উরগা
থাদোক্লুনা থল্লিবা
অমুবা হূইজাওদুনা
খূনীং খূমাঙ খোৎতুনা খোংই
উফূল থাংলবা লৈমায়দা।

মপূ খোরক্লবা কালদা
তৌদশিন্না শা
মপূ নীংবা মতৌ উৎলদুনা
মমৈ মক্রাংদা লোনশিন্দুনা
তুং ইন্দুনা চৎখি।

চৈনাখোল ফংলবা অঙাংশিংদু খোয়শাওনরকই
লাউরকই পেন্দবগী খোল্লাউ
থাদোক্লুনা থম্বগী
মরাল লৈতনা চীকপগী।

হৌজিকসু
লায়জৌরি
অঙাংশিংগী কোক্তা শীংনবগী।

এপ্রিল ২৮, ২০০৫

## মোংফমগী লম্বীদা

করিগী অসুক তাথীরি
অহিংবনা অহিংববু
চৎলিবনি নঙসু ঐসু
মোংফমগী লম্বীসিদা।

হিংলিঙৈ ঙাইহাক্তং
কাউথোক্লুনা
অশিবগী মচানি হায়বা
করিগী থস্লি
শিববু খূবামনুংদা।

নোংমা চৎকনি নহাকসু
মোংফমগী লম্বীদা
কন-থৌরবা থৌনানা য়োল্লবা
নঙগী হকচাং পোলাং পূন্না
অশিবনা খূদুম চন্দুনা
ব্রা ঙাঙদনা।

মতমদুদা
লৈরোল চনখিনি
হিংলম্বগী ব্রারী।

মে ৭, ২০০৫

## কংলা

হে তীর্থস্থান
কৃপ্লস্থনি মতম কুইনা
পাপীশিংগী অমোৎপতনা
নওগী লৈমায়দা।

নাম্থোরক্লবনি ঙসিদি নহাক
শঙলিংবশিংগী মখূৎতগী
বুটকী খোঙফমদনা উফূল তৈরদুনা।

মেনশিল্লস্থনি খুমজিল্লস্থনি
নওগী নমীৎ নওগী নচীন
পূনশন্দুনা থল্লস্থনি
য়োহ্লিং ফলাংনা
অমম্বা ইতিহাসকী পল্লোম্নুংদা।

খাঙখিবনি মীরোল কয়ানা
নওগী মায়থোঙদা তারিবা দাগফমশিংদুগী চৈনা।

শাফোঙলে ঙসিদি
অমুবা থাকল হাইদোক্নুনা
য়েক তরেৎ সলাই মাপলগী
তৎন-থানদ্রবা অশেংবা খুভম ওইনা।

নবেম্বর ২০, ২০০৪

## শক্লোন

চীক্লবা অহীং মমৈসিদা
লাক্লা লাক্লা খোংলিবা
তাউবা হূইখোলসি তারগা
হেঙ্গৎলি ঐগী
মিহুলগী খোঙজেলসু
য়াঙবা অসুম।

চঙলক্লমাল্লে লমশাশিংনা খুল্লক্তা
নৈখায়রক্লমাল্লে ইঙ্খোল শম্বল।

ঐ থোকপা তারিব্রা?
মৈতৈ নুপী অমা ওইনা
ইবুং ইপ্পাবু কন্নবা।

জুলাই ৩, ২০০৫

## চাইখাইখ্রবা ইতিহাসকী চেনা

নুমিৎ কয়া
থিবা ফংলক্রবা
লংলা লংজিন খণ্ডলক্রবা
মচাগী মপাউ
ঙাইরি
মোগকী থোঙজিনদা ফমদুনা
মমা ওইবীশিংনা।

ওহ! মণিপুর
ওইরবরা মসিনা নঙগী ইতিহাস?

চাইখাইখ্রবা ইতিহাসকী চেনাশিং
মায়কৈ খণ্ডদনা পাইরি
অকনবা নোংলৈ নুংশিৎ হুন্নক্লুনা,
চেন্দুনা পুখ্রি
লংজা উমাইবীশিংনা শরাক তম্লবা।

জুলাই ৫, ২০০৫

## মঙগী তাইবং

নীংতম্নবা লৈবাক্নি
ঐখোয়গী ইরমদম
অদুনা
চীংয়া তময়া হায়বা অমা লৈতরে
চপ মান্নরে
শীংলিবা নুংশিংসু
চেল্লিবা তুরেলগী ঈচেলসু
মঙগী তাইবংসিদা।

কুইরে
মঙ মঙদনা মঙলাক্লরিবা।

নীংতম্নবা লৈবাকসিদা
করিগীনো নোংমৈ কাপ্লিবা
শাদানবগী উমংলা
অউ অউবা হাৎনরিবা
ঐ খঙদে লমদমসিগী ৱারী
মঙ অমসুং তাইবংগী খেন্নবা।

জুলাই ৩১, ২০০৫

## নাকেন্থাগী লম্বীদা

ঙাইকরি ঐনা
পুন্সি হিদেনসিগী
তোর্বান ম্রাংমদা
তাম্না হোনখ্রিবা হিরেনসিবু
লাকখিনি খন্না।

ওহ! কূল্লক্তরে হিদেনসিদা
কনা অমতা
হনখিবা তারমাল্লে
হীকথরবা ম্রাখলগী পোৎলূমসি পুদুনা
নাকেন্থা লাক্লিবা লম্বীসিদা।

ওগষ্ট ২১, ২০০৫

## পুন্সি

খঙলুদে পুন্সিগী মশক
খঙলকপা মীকৃপসিদা
অহিংবগা কয়াদা লাপ্পরম্লবা।

হিংলম্মী
ককচেং ময়াম্না চয়োম শানা
পুরিবা তীন্থোক অমগুম
নংত্রগা
মিরাংদা থুরবা জীব অমগুম্না।

পুন্সি
মঙাল অমতং লাক্লগদি
ঐনা উজবা ফংলবদি ইমিদু
নঙ ঐ অমতনি।

ওক্টোবর ৪, ২০০৫

## ওরিষা

ওরিষা,
নঙগী অহীং থোঙ লাওনা হাংলি
অসুক্কী মতীক পূকচেল তিংঙি।

অৱাবনি ঐগী ইরমদম
নুমিৎ হেক তাখিবগা
থোঙ লোইনা লোল্লম্লগনি
যূমথোঙ খদিং পৌরোন চেৎনা চেৎনা থাদুনা
ঙাইনরমগনি নোংঙানবা।

নঙগীদি থেঙল থেঙলগা অহীং
মী তিনবা হেনগৎলক্লি
লম্বী সড়ক কৈথেল
পোৎয়োনবীশিংগী লৌথূপ লৌকোই লৈতবা মতৌসিনা
জাৎ বিজাৎ খায়দনা
ফাদুনা থম্বিরি।

বঙ্গোপসাগরগী ঈপাক্লা
কয়াদা মথূম-মরাং হৌনা হেদোনরিবা
ঐগী লোক্তাক্লা
লৈরমগনি নুংশুক নুংজাননা
খাঙলমগনি স্বর ফুনগৎতুনা
ফূমদি হাওদি মরক্তা।

নঙগী জগন্নাথ ক্ষেত্রগী লম্বী লমজাও

চৎলি ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা পরেং পরেং
লৈঙাং শংবা ফি শেৎতুনা
পূং ঝালগী মখোল্লক্তা
লাইশোন শৈরোলনা
অহীং নুংথিল নাইদনা নিল্লদুনা।

চৎলমগনি ইরমদমগী লম্বী সড়কশিংদি
পুমঙৌ শেৎপী পরেং পরেংনা
অশিবা হকচাং পুদুনা
পূং ঝালগী মখোল্লক্তা
মীকপ মীরাওখোলনা অহীং নুংথিল নাইদনা নিল্লদুনা।

অদুবুনে ওরিষা
ফনমক ওইদুনসু
নঙগী নুংঙাইতবা অমদি
থম্মোয়দা পুদুনা চৎলনি।

নঙগী খুঙ্গংনা নঙগী থৌজালদবু থৌরাংনা ঙাইহিরি
লেপ্লি মায়থোঙ ইমক মকশিন্না
নঙগা শকখঙনদবগুম
ব্বা ঙাঙদনা তূমিন তূমিন,
লোল্লি নঙগী খুঙ্গংগী থম্মোয়দি
থোঙ লোইনা অমগা অমগা শকখঙনদনা।

মান্ননা উরবসু ঐগী খুঙ্গংগী
মরীক চুম্লবা সনা মচুগী ফৌগা
মান্নহন্দ্রি থম্মোয়দি
ঐগী খুঙ্গংগী মীশিংদি
মতম খূদিং পূকচেল তিংঙি।

য়ূমথংনববু কৈরোই লৈকায়বু ইমুং মনুংগুম
অমনা ৱাবদা অমনা য়েংবা ঙম্নদা
অরৈ লৈত য়েন্নদুনা চামিন্না
পূন্না হিংমিন্নবনা মহৌশানি।

নবেম্বর ২১, ২০০৫

## দিসেম্বর ১২না লাক্লবদা

হায়বী
নুপীদি পাঙ্গল শোনবীনি
তাংজবীনি
পাপতনা তাদুনা শারক্লবীনি।

মসিবু চুন্নিব্রা?
হংজখি ব্রাহং ইথন্তা
চোংথোরকই পাউখুম
উরুরগা খ্বাই সনা কৈথেল চিদাইদা
নমদা মচা পো
অব্রা পোৎপু কোকথোংনা
অয়ূক চারা নোংখন্না
নুমিদাং চরা নোংলেন্না
চাকখূম মৈরা লিংলিবী
নুপীশিংগী মরায়বক।

ঙসিদি কয়াদা চাউথোকচরিবা
দিসেম্বর ১২না লাকপসিদা
নীংশিংলুরগা অদুঙৈ
দিসেম্বর ১২গী নুপী লান।

ওইদ্রিবরা ঙসিসু মতমদো?
ওইরি মীনম্বা য়াওদ্রবা ইতিহাস মাদনা শাক্ষি
মচাগীদমক মপূরোইবগীদমক
মশাগী ইজ্জৎকীদমক

শিবা কিদনা লাঙ্খেংনরি ঙসিসু।

লমদমসিগী নুপীশিং
হিংলি লানফমসিদা
খূৎতা মৈরা পায়দুনা
খ্বাঙচেৎ মচি লাংদুনা
শেম শারি হয়েংগী লানফম অমগী
অনৌবা দিসেম্বর ১২না লাকপদা
মীকপ মীরাওখোল কয়াগী পিনা
খোল্লাউ কয়া কয়া ইরদুনা।

দিসেম্বর ১১, ২০০৫

## মরুভূমী

তুন্নবা তিংখং শাইগাইজরগা
মশাগী ঈ থক থক্তুনা চৎলম্বা
চৎপদা মঙম শান্দ্রবা
পোৎলূম পুরবা ঊটশিং।

হৌজিক্তি
থিরক্নে ঈশিংখোংশিং
মৈ হৌনা শারবা
লৈঙোয় মথকসিদা।

মরুভূমী।
নোংমা তারক্লবদি মতমগী নোংলীক্লা
থাগনি উপাল কয়া
মশাগী ঈ থক্তুনা চৎলিবা
পোৎলূম পুরিবা ঊটশিংগী লমদমদা।

মার্চ ৫, ২০০৫

## ঈপাকসিদা

শহুম কল্লবা
জ্বারগী ঈথক্লা লাকশিল্লবা
তেক কায়রবা লূপথরক্লবা হিনাউসিদা
মায়কৈ খঙদা লম্মূক্লরে।

থোরক্লরোই
মায়কৈ লেপ্পা থৱানমিচাকসু
কূপশিনখ্রে অতিয়া অমম্বনা।

মতমসিদা উই
নারাশিংগী তরু-তরুবা মীৎস্না
হয়েংগী অতিয়াবু য়েংলিবা।

মার্চ ১২, ২০০৬

## কোকিল

কোকিল।
নঙনা তেংথারি
কায়থরক্লিবা প্রকৃতিগী শক্তম উরগা
থম্মোয় শোক্লা
খাঙঙমদবা মৈশানা
কুহু কুহু খোংদুনা।

তারি মীওইবনা
নুংশিরবা ঈশৈগুম
চীংনুংখোন্না খোন্থাং য়ৈনা নিল্লিবা
পঞ্চম সুরগুম।

খাঙলি নঙনা
তাইনফম খঙদা
নদোম খোংদুনা।

এপ্রিল ২৮, ২০০৬

## মহৌশা অমদি মীওইবা

কংবা নাইদ্রবা তুরেলশিং
লৌখোংগী ইপোম হৌরবা ঈচেলনা
লৌমীগী লোইনাইদ্রবা ঈশৈনি।

মালংনা লিরি শীৎপদা
অশংবা ফৌনাগী শাথেক্লক্তা
অঙৌবা উরোক্কী পরেংনা
চীংয়া পক্লা পাইবদি
লৌমীগী পূক্লিং পেন্নফমনি।

মহে মরোংনা চুন্নবা লৌবূকশিং
সনা মচুগী ফৌনা
লৌমীগী পুন্সি মচুনি
লৈখোম তৈর তৈর লংলকপা।

অদুবু ঙসিদি
উরি মাঙদা মহৌশা
অশংবা ফিজোল শেগায়দুনা  লেপ্লরি।

ফি থোংদবা হকচাং উৎথোক্লগা
মফজৈ খন্নরক্লিবা মতমগী মীশিংনা
শেগায়বিরি
মহৌশাগী অশংবা ফিজোলশিং।

লেঙ-লেঙ চৎলিবা চীংশাং পরেংগী হানৌশিং

কোকথোকপিরি কোগোক কোক্লা
উখিদবা য়াই চীংদোলশিংদা
লৈচীলনা নেম নেম পাইবা
শীৎখিদবসু য়াই চীংমায়শিংদগী
ঈংনা লিরি শীৎপা নুংশিৎ
তুমশিল্লক্লি চীংশিং
ফুনগৎলক্লি পাৎ তুরেলশিং।

জুলাই ৪, ২০০৬

## মরূপ

মতম অমদা কয়াদা নক্লখি নঙ ঐ ঙসিদি কয়াদা থাপ্নরবা
তোর্বান ৱাংমা ৱাংমদা।

লান্মীনি
ঐ ইমা লৈবাক্কী। অদুগা নঙসু লান্মী অমনি ইমা লৈবাক্কী
খোঙতাং অসি তোঙান তোঙাল্লবা।

ঈশিংগা থাউগুল্লবা ইবান্নীগী থম্মোয় অমুক
পূনশিনবা য়াররোই।

মরূপ
পৃথিবী অনীগী শক্তিনা তোঙান তোঙান্না চিংশিনখ্রবা ইবান্নীগী ৱাখল
পাঙথোক্লিবা নথৌদাং ইথৌদাংনা ওইহল্লে নঙ ঐ
য়েক্লবা।

ৱাখল তিন্নদবনা
কাপ্লবনি
উনবা য়ানদনা।

ৱারোইশিন অমদি পামখি। নঙ ঐ ৱারী শানদুনা
ঐখোয়গী ইতিহাসসিদা
শান্তিগী লম্বীদা।

জুলাই ১৬, ২০০৫

## খবরগী মনম

শিবা কাউনা হিংলক্লবা
মঙৈ নীক্লবা
মোংফম মখূৎনা লাম্বা ফংলবা
মখাঙ য়াওদ্রবা
মখোঙ অহুমগী অহলদুনা
খবরদু মনম শূৎ-শূৎ নল্লগা
মশা পূম্বা হুমাং অনপ্পী কাংনা
থক থক নীক্লা
মখূৎ লোন্নরগা হায়রকই
"বিষ্ণু বিষ্ণু ননাই ঐতদি।"

এপ্রিল ৬, ২০০৫

# নীংতম্নকপসিদা

ঐখোয়বু কয়ামুক য়াম্না নীংতমখিগদগে?
ঐখোয়বু কয়ামুক য়াম্না নীংতমদ্রিবগে?

নীংতম্না পোক্লকপগী
নীংতম্না শিরি ঐখোয়
মফম মতম নাইদনা
লৌবূক্তা লমহাঙদা চীংয়াদা তময়াদা
লম্বী সড়কতা
ইশাগী য়ূমদা ইশাগী ইখোলদা
ইশাগী থোঙ্গালমক্তদা
সিদবু নীংতমদে হায়গেরা?

মীনা নীংতম্নকপসিদনি
ঐনা নীংতম্ববু অসুক তূক্কৎচরিবা
অসুক হঙ্গোইরিবা।

নীংতম্বসিনা ঐবু হেন্না নীংতমহন্দে
মসিনা ঐবু হেন্না অফা অপুন্নহল্লি
মসিনা ঐবু ইখোঙ ফাওবা
ইনীংতম্না থাংদোকপা ঙমহন্দে।

এপ্রিল ১১, ২০০৬

## সরকারগী হুকুম

খূয়া তুশিংনা হিংজবা ওমদ্রবা
লমদমসিগী প্রজাশিংদা
থোকখ্রে থরায় লৈনবা
সরকারগী হুকুম
ওইবা য়াই অমা হেক্তা
অঙাং অহল পাখঙ লৈশাবী।

লৈতে মরাল লৈবা লৈতবা
চিংনবা চিংনদবা
তগৎ তগৎ তেকপা থরায়শিংনি।

এপ্রিল ২৫, ২০০৬

# উচাল মৈরাগী মঙাল

খঙদে
হৌজিক ঐখোয়গী লাইবক
করি ওইরিবা
পাউখুম কয়া পীরি
বোম অমসুং নোংমৈনা
হিংবা অমসুং শিবগী।

২
ঙসি
ঙাইবা তারিব্রা
ফিজোল অমতা
থোংদ্রবা মূর্তিগুম
নাকেঙ্খাগী উপালগুম
লৈকংলাগী তোর্বানসিদা।

৩
উই মাঙগী খোঙচং
ঈগী খোঙ্গূল পরেং পরেং।

৪
নোংমা ঐসু শিগনি
ইরি শৈরেং হয়েংগী মীরোলগীদমক
মোংফমগী লম্বীসিদা
নুংশি নুংশিবা ঈশৈ শক্তুনা।

৫

থল্লমনি ঝাহে কয়া

মোংফমগী উচাল মৈরাগী

মৈঙাল ওইনা

ইতিহাসকী লাইশঙ খুদিংদা।

মে ২১, ২০০৫

## শর্মিলা

শান্তিগী লাইরেম্বী নঙনা চংলি
শান্তিগী পাউজেল পুদুনা
অখাক-অরাও মরক্তা
অশংবা উহৈনা হৈজীং ফাদনা
কেল্লিবা লৈমায়সিদা
তিংখং তুম্বৌগী লম্বীসিদা।

য়ৌসনু নঙগী পম্বুং
নেমখিসনু অখাক-অরাও
নাকেম্থা ওইদুনতা লৈরবা
কংলবা নঙগী চীনবানগী ৱাহৈশিংনা
চোংসনু অনৌবা ময়োল লৈকংলাসিগী লৈমায়সিদা।

য়াই থাখ্রবা মখোয়না
খঙবী উবিদ্রবসু নঙবু
ওইহল্লবসু বন্দী
থম্বিরবসু নমদুনা কৈশুমশঙদা
খঙলিদনা মালেমসিনদি নঙবু মশক
উংলি ইকায়খুম্নবা
য়াওখ্রবনি নঙগী ৱারীসু
মালেমগী ইতিহাসকী ৱারীশিংদা।

নবেম্বর ৪, ২০০৬

## উন অমসুং য়াউ

নিংথমগী অয়ূকসিদা
শান্নরি অঙৌবা উনশিংনা
মতু শিঞ্জবা ঙমদনা
হঞ্জিন হঞ্জিন কোগোক কোক্লা কোকথোকপিখ্রবা
য়াউশিংগী ময়াঙলেনদা তোংদুনা।

মীকপ থোরক্লে য়াউশিং
মখোয়গী মতুগা অঙৌবা উনগা
ঙৌবা মান্নরকপদা
অদুবু লেঙ-ওৎপদি ঙমদে
য়েংঙি কিরুপ কিরুপ মশা শোন্না
খাঙঙি থক থক নীক্লা।

থোরকপদা মৈশা মঙালনা
ফূদোংনরবা কোরৌনা
মাঙখ্রে অঙৌবা য়াউশিংগী মতুগা
ঙৌবা মান্নরম্বা উনশিং।

থোরক্লে হৌজিক্তি মখোয় মশেল
হৌনরুবা তৌদনা
লৌবূক লম্মাঙশিংদা
মশা খীংনা।

দিসেম্বর ৩, ২০০৬

# নুংশিবা অমসুং শান্তি

নুংশিদ্রা?
নঙ ঐগী নুংশিপ্রবা লমদমসে
ওইরকপা য়াই নোংমদি শোয়দনা মৈবুল অমা।
নহাকসু য়ানীংদ্রা?
নহাক্লদি হায়রক্কনি নুংশিনরিমখৈ
খোঙফম চেংনা লেপ্লিমখৈ করম্না ওইথোক্কদৌরিবনো?

নহাক হায়বা ঙম্লা?
মীওইবগী থম্মোয়তনা পূন্নমকসি
ওইহল্লকপনি হায়বা।
ফজপ্রবা চীং-তম অনীগী ফজবসি উরগা
খল্লি অমতা ওইরবোই
অদুবু
অমতা ওইবদি হেক্তা ময়াদে।

নঙ ঐগী নুংশিবসিনা
থম্মোয়দা লেঙদনা লৈরিমখৈ
নঙ ঐগী নুংশিপ্রবা লমদমসে
ওইহনসি অমতা
ওইহনসি শান্তিগী লমদম অমা।

দিসেম্বর ২৫, ২০০৬

## মী অমসুং শা

য়েক্লবা হোৎনৈ কেনভাসতা
মচু কয়ানা তোৎশিন য়ানশিন্নরবা
মীওইবগী চরিত্র!

অদুবু
চোংথোরকই
মীওইবগী মায়খূম উপ্পা
মতু চোম্বা শা ওইনা
অহিংবা মীগী শাদোংতবু শেৎতুনা চাবা পাম্বা
ফোং ফোং শারিবা
অশাবা ঈতবু খৌরাংবা মীগী শক্তম।

হঞ্জিন হঞ্জিন ঐনা
কয়ারক হন্না য়েক্লবা হোৎনৈ
মীগী অশেংবা শক্তম
অদুবু ঙসিদি
য়েকপা ঙমদরে মী অমদি শাগী খেন্নবা।

জানুৱারি ৩, ২০০৭

## মতমসিদা

ঙসিদি
নুপাশিংনা শঙলি য়ুম
নুপীশিংনা ঙাক্লি খুল।

শারোই ঙারোই কনবা লমদমসিদা
নুমিং তারে
লৈরি নুপীনা মপালদা
নুপানা ইমুংদা।

মতমসিদা
নুপীনা মৈরা পায়
অমম্ববু শীংনরদুনা অহীংগী
নুপীশিংনা শেৎলিবা
খ্বাঙচেৎ অমদি কোকশেৎতা
য়াওরি মচা অমসুং মপূরোইববু
কঞ্জনবা থৌনা।

জানুৱারি ৮, ২০০৭

## মঙাল য়াওদ্রবা অতিয়া

মঙাল য়াওদ্রবা
অতিয়াদগী কেনখ্রবা
থবানমিচাকশিং
তাদুনা লৈরি।

পোইনুগী লোকথোকখ্রবা
ইহাঙ হাঙলবা লৌবূক লম্মাঙশিংদা
হন লেঙ-লেঙ চঙলবা
অপুম্বা ঊচিগুম।

মতমসিদা
মঙাল য়াওদ্রবা অতিয়াসিদা
য়েক্লি তুরিসিনা শংবান্নবা মচুনা
য়েক্লি হন্না হন্না
অনৌবা মঙালগী নুমিৎ অমসু
হন্না হন্না য়েক্লি
অনৌবা অয়ূক অমা
য়াকাইরোল ঈশৈনা নিল্লবা।

জানুৱারি ২১, ২০০৭

## চাকখৎলক্লিবা মৈরী

মৈরী অসিনা চাকখৎলকপদা
ইমা নগুবু নুংশি হায়দুনা
করিবু তৌবা ঙমগনি
নচা শন্দ্রেম্বীনা।

তৎতনা হায়রি
ইমা নগুনদি
খ্বাঙ য়ৌরে
ঙক য়ৌরে
ইমা ইবেন্মা চাক্লিবা মৈরীদু মূখৎলু।

ইমা ঐগী করি উপায়নো
খোঙসু
খূৎসু পুনশিনম্রে
চীনসু মেনশিনবিখ্রবা লমদমসিদা।

মৈরীসিদি
হেন্না হেন্না চাকখৎলকই
কনানা মৈকনবিগনি
লৈতে লাইজ ঈশিং অমতসু
কায়গ্রে ঈশিং পুলসু।

এপ্রিল ৪, ২০০৭

## মীওইবা অমদি ঈশ্বর

তৎতনা তারি
চীংদোলশিংদগী গীর্জাশিংগী
মিরবা কাংশি খোঞ্জেল।

অদুবু
লৈরমগনি প্রভু নঙদি
ক্রোস মথক্তা
পাং তিংলদুনা
হিংনা হিংনা য়োৎপী থারদুনা
কোক্তা তিংখংগী লূহুপ উপ্পদুনা।

মসিবু নৎতবরা
মীওইবনা মীওইববু
ওৎপগী খূদম।

মানি,
ঈশ্বরদি মীনি
মীদি ঈশ্বরনি
মীওইবনা পূম্নমক
ওইহনবা ওন্মী
নুংঙাইবা শান্তি স্বর্গ
অৱাবা থম্মোয় শোকপা নোরোক প্রলয়।

মে ২৭, ২০০৭

# খোঙজীগী মখোল

খোঙজীগী মখোলদা
ফিজিগী মণিদুনা
অহানবা খোঙথাং তল্লি।

অদুদগী
খোঙজীগী মখোল পুরদুনা কোয়চেন চেনখি
খান্বা ঙমদনা
অসুম তামখি মীৎমাঙদগী মমি শামখি
তিনশিনখি অপীকপা খোম্থাংনা
অতিয়াগী অহাঙবগা।

হৌজিক্তি
ইহাঙ হাঙলে খাংপোকশঙশিং।

জুন ৬, ২০০৭

## জুন ১৮

তারিবসে ইঙাগী নোংলীক নত্তে
মীৎকী পিনি।
পিতনা হোন্নবা লৈমায়সিদা
ইখ্রবনি ইতিহাস
নখোয়গী হকচাংদগী
চেন্থরকপা অঙাঙবা ঈতনা।

নখোয় অমমম্না
মকোক মকোক্তা হলগী মকোল ওইরবা
হংলাইশিংগী
হিংশি শিরবা মখোয়গী মহুৎ শিন্দুনা
ঙাকখিবনি চোংথোক্তুনা
তুবুম অমতা তেক্তনবা ইমাগী
কত্তুনা নখোয় ১৮না ঈগী বলিদান।

মৃৎলরোই ইতিহাসতি কৈদৌনুংদা
হেল্লক্লি ময়েক শেংবা
মীৎকী পিনা চান্ন চান্নগা।

জুন ১৮, ২০০৭

## ওগষ্ট ১৩

লাক্লবদা ওগষ্ট ১৩না
লীরিবরা
ৱাই ৱাই লাউবা অশংবা ফৌনানা
লোইনাইদ্রবা ইতিহাসকী ৱারী।

তন্নিবরা মালংবনা
চীংজাও খোন্না খোম্থাং য়ৈনা
তাইবং শীন্না
ইমাগী শোক্লবা থম্মোয়গী পাউদম।

লোক্কী চীংজুং লাইজনা
তম্পাক লমদা চেল্লম্বা
তাক্লম্বরা চীং তম অনীগী
তৎন থানদ্রবা মরী।

ঙসিদি
ইমা নঙগী নচাশিং
শাফি লানফি শেৎতুনা
লানগী বেঙ্গুন খোঙ্গৎনা
নাকপাক নাকপাক লেপ্লরি।

অসিরনে চীংমী তম্মী অমতা ওই
ইমাগী নীংতম্বা ঙাকখিবগী মহৈবু।

ওগষ্ট ১২, ২০০৭

## খোঙথাংগী মখোল

নওগী খোঙথাংগী মখোলনা
তূম্বা কায়গনি অথৌবশিং
তূম্লিবনি ঈগী নাউফমদা মখোয়
কনাগীসু অয়েৎপা অথিংবা য়াওদনা
মনীংতম্না
মীখা পোন্দনা।

মও তম্লিবনি
মীনায় নাইথাংদগী মীকপ থোক্লবা
য়ুশিঞ্জরদুনা
মথবাক্তা নীংতম ফীরাল।

থাংবিয়ু খোঙথাংদো তপ্না
নওগী খোঙথাংগী মখোলনা
তূম্বা কায়গনি অথৌবশিং।

ওগষ্ট ১৭, ২০০৭

# অভিমন্যু

নাউপুরি
মতমগী শিয়োমনুংদা
অভিমন্যু কয়া
লানগী ৱারী তারদুনা
চক্রবিহ্ চঙবগী
কোকপা নাইদ্রবা মচু শঙলদুনা।

চঙশিল্লি লেপ্পা লৈতনা
লানফম তম্না
থোরকফম লপ্পী খঙদনা।

হে নিদ্রা
নঙনা করিগী তাহল্লমদ্রি
অশিববু জয় তৌনবগী
মায়পাকপগী ৱারীদি
করিগী শুমদুনা থম্বিরম্নি
অশি ফমুংদা
মায়থীবগী ফৈজূপ চিংখৎপিদুনা।

ওগষ্ট ২৬, ২০০৭

## ৱারী

লীবিরম্মী ইবেনবোক্লা
পেবেৎ মচা হৌদোং লম্বোইবা
কবুই কৈওইবগী ৱারী।

পেবেৎ মমানা
পাইবা তম্বী মচাবু
মশা অনী খপ্পুনা।

লৌশিং তম্বী
লৌশিং চাউবা
হৌদোং লম্বোইবদগী নাম্থোক্লবা।

লম্বোইরবা হৌদোংনা
পেবেৎ মচা চাগদবগী
মমাগী মথানুংদগী
শেৎতুনা মুনগদবগী
নুমিৎ খুদিং লাকই।

হৌজিক্তি
পেবেৎ মচাশিং
শারেপ কাংদোং ফারদুনা
মনীং তম্না পাইরি
অতিয়াগা ৱাংবা
তান্ন-তান্ননা।

ৱারী।
অসুম মখা চংথৈ
ঙসিসু হৌজিকসু।

কোয়চং চংলি
কবুই কৈওইবা
লমদমসিগী লৈরক কোল্লাংশিংদা।

কোয়থি থিরি
খাংপোকশঙশিংদা
ফিজি ফিনা হাইদোক্লুনা
মবুং তরেংকী থবাতোন।

সেপ্টেম্বর ২, ২০০৭

## অনীগী মরক্তা

থবী অনী লেং-শিন্নবা
কোরৌ অনী লেং-ওন্নবা
পাল্লিবা লমদমসিদা
হিংলিবনি কৈপন অমগী মনুংদা
মিহুল চেংগুম চেংগাননা।

অমম্বা অহীংগী অমম্বদা
অঙানবা অয়ূক্কী মঙাল ফংদনা
শিরনি খঙনা খঙনা শিরিবা
অশিববু যৌরাংনা ঙাইরদুনা।

২
পোক্লন্নবা মতমসিদা
করিগুম্বা খ্বাই নুংজেং পিবা
তেমশীংনরুনি কনাগা
লীরুং তেন থোংগৎতুনা।

হিংলমগনি মহাকসু নীনীগী পুক্নিনি খন্না
হিংবগী মমি শান্নবা
চপখায়রক্লিবা কোল্লুসিদা।

সেপ্টেম্বর ৯, ২০০৭

## ৱাহৈ

হাৎখিবা মতুংদা মরাল শীবা
শোয়গ্রে
নংত্রগা
মী ওন্নরম্লে
ইমুং মনুংগী অৱাবদা
শরুক য়াজরি
য়াম্না ফজখ্রবা ৱাহৈনি।

(অরোনবা অমসুং অফোংবা
অনীমক্তা শীজিন্নবা ৱাহৈ।)

·

মপানা লাল্লগা
মচাদা লমন খুন্নব্রা?
নংত্রগা
শকমান্নরুবগী দশারা?
অদু ওইরবদি হিংলরোই
ফাইবোক পোকপদি।

ইরাই লায়না য়ারম্লে
মীগী পুন্সি ৱাহৈগা ওন্নবা।

সেপ্টেম্বর ১৬, ২০০৭

## করিনো ইমানা তাকপিরিসিবু

ইমাগী ইবুংঙো
নঙ মী ওইগদবনি মী ওইদবা য়াদে
ইমানা য়াদবা
ইমানা পামদবা থবক অমতা
ইচানা তৌবা য়াদে
ইমানা হায়বা ইনগদবনি।

করিনো ইমানা তাকপিরিসিবু
নচাবু শারং মনুংসিদা
মী ওইয়ু হায়বিরিসিবু
শা-কৈ মরকসিদা
নচাসু শা ওনবা তাবনি
শাহীং চাবা তাবনি
ঈ থকপা তাবনি।

ওক্টোবর ২২, ২০০৭

## খমনুং লৈবাক

অশিববু নম্বো পোদুনা
তূমিন তূমিন চৎলি
লমদমসিগী মীয়াম
শহরগী লম্বীদা খুঙ্গংগী লম্বীদা
ৱা ঙাঙনদে অমগা অমগা।

অকিবনা য়োমশিনখ্রবা লমদমসিদা
লোম্ফোক্কে কনা অমতা
ৱা ঙাঙবা ঙম্মদে মকা ফোংনা
মরমদি
নিংথৌগী মনা ফক্লাংদা থেৎলি
অদুনা
কিন্নরি অঙাং ওনগনি হায়বগী।

নবেম্বর ১২, ২০০৭

## হিংসা

ঈপুম নাইপুম নম্লবা
চীংশিং, তম্পাকশিংদা
পোকখায়রক্লি হিংসাগী মরূ
হৌরি মফম খূদিং শীনথুংনা
শারেপ কাংদোং ফানা।

লীনরক্লি মীগী মনম
ঈহিং নাইহিংদা খৌরাংলবা
থৌরবা মশা মরেংশিংনা
মরেং মরেং চৎলদুনা
শন্দোক্লি মরী মরী
মায়কৈ খূদিং।

পূময়োম য়োমশিল্লক্লি খাংপোকশঙশিং
মীগী হকচাং থূম্লা থূম্লা থিল্লদুনা
ঈ থক-থক্লুনা
চাউথোরকই হিংসাগী পাম্বীশিং।

হৌজিক্তি
খাংপোকশঙ মনুংদা
চাকথা ওইনা হিংলিবা মীয়াম
কপ্লে, লাউ-খোংদে
মোমোনতমক নোক্লুনা লৈ।

নবেম্বর ২৮, ২০০৭

## খুল অমগী ৱারী

খুলগী লম্বীদু
মী ইচীক চীকই
খুনাম তাদ্রবা থোঙ্গালশিং
নুংথিল পোবোপতা
কোম্ফোং লোইনা লোল্লি।

খাংপোকশঙশিংদা
মপি কংদ্রবা মমাশিং
কুন্দো পরেং কংদ্রিবী লুখ্রাবীশিং
নীংখায়গ্রবা পুন্সিগী খাংপোকশঙশিংদা
শিঙমদনা হিংলি।

অকংবা শরুগী মূর্তিশিং
খোঞ্জেল অমদা থোক্তে।

ওইররে ঙসিদি
খুল অসিগী ৱারীনা
লমদম অসিগী ৱারী।

দিসেম্বর ৩, ২০০৭

## য়েম্নীংথা অমসুং তিংখংলৈ

কয়াদি কুইরে
শাংগ্রবা মরুভূমীগী খোঙচৎ অমদা
শারবা ওল্লাং মৈশা মরক্তা
পোৎথাফম খঙদনা চৎলক্লিবা।

বসন্ত নঙ লাক্লে হায়বা ঙসিতা খঙঙি
মরুদ্যান লৈত্রবা মরুভূমীদা
শাৎকায়রক্লি তিংখংলৈ।

লোৎলুরিব্রা নহানমখৈ কেকু
হৈনৌ মপাল নোবাপ মপালগী মরক্তা
হৈনম লৈনম্লা চূরবা শংবান্নরবা কুচুনা।

লেল্লুরিব্রা নুমিৎ চূপ্পা অমা
হঙ্গাম মপানগী লৌবূকশিংদা
কুরাকশিংগা অমাংকোইবী শান্নদুনা
ময়াই কারবা নঙগী
লাকঙম ফাঙমদ্রবা নিংঙাইদা
নাকেল্থাগী অচাইবা উনাশিংগী মরক্তা য়াওন্দুনা।

হৌজিক্তি
ঙাইখিবা তারি
অকংবা উপালশিংনা
অনৌবা ময়োল চোংলকপা
লৈপালশিংদা লৈশিংনা

ফংগায়না লৈশাং তল্লদুনা
নুংশিবা লৈনমনা
থম্মোয়বু মতম চুপ্পা ঈংহল্লদুনা।

অদুবু
করিগীনো য়েন্নীংথাসিদনা অমুক
কেল্লক্লিবসিনা তিংখংলৈনা লৈকংলাগী লৈমায়দা।
ফেব্রুবারি ৮, ২০০৮

## ব্রহ্মপুত্র তম্পাক্তা

অদুঙৈ,
চহী তরেৎ খুন্তাকঙৈ
অবাগী মীওৎ মীনৈ খাওঙমদা
শমজি খায়না চৎখিবা
ইপা ইপূশিংগী চাদা-নাউদানি নখোয়।

লৈয়ু মৈতৈদি মৈতৈ ওইনা
হোংগনু পূক্লিং বাখল
থৌনা লিংজেল।

মীগী মকাইফমদা
তাংজ মরুম থূপ্লুবনা
ওনখিবরা পূক্লিং।

তল্লো লাউনে থম্মোয় তিংনা
লৌথূপ লৌকোই লৈতনা
অবা নুংঙাই হরাও মথোই কানা
পিরোইনবা বাহৈনা থম্মোয় পেন্না কপমিন্নসি।

খল্লবরা খুল লান্না লাকপগী
মীতোপ ওইনা ঐখোয়বু
চিংলবরা থম্মোয়দা
মশক উদবা লৈইনা চিংনবগী।

লীবিদবরা তিখৌ তুরেল নঙনা

অদুঙৈ রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী ৱারী
অহোম মাগী মকাইফম
মৈতৈ ঐগী ঈ-য়েকচাশিংদা।

তাকপিদবরা পলেম মানবী নহাক্না
পলেম মাগী মশক
ইপা ইপু পোকফম
ঈগী হৌফম শাৎফম।

ফেব্রুৱারি ১৪, ২০০৮, বোরকলা, আসাম

## দষ্টবিন

খঙদে
কয়াম কুইরবনো
অসুম্না লেল্লকখিবা,
ত্তান মাঙলুরে
করম্না ওইরকখিবনো হায়বা।

হৌজিক্তি
ইশাগী পুন্সিগী মশক তাকচবা
ঐ তশেংনা ইকায়রে।

দষ্টবিন।
ঐগী পুন্সিসে
থম্বিরম্বদগী মফম অসিদা
ওইখিবনি মীনা তীনশীৎনফম।

য়ারম্নবা পুন্সিসে অমুক
মকোক্তগী হৌবা
ওইরমগনি ঐসু
নীংথিরবা লৈতেংপোৎ অমা।

মে ১৫, ২০০৮

# লৈবাক্নে

শূরুরে থবক নুমিৎ চূপ্পা অমা
মীগী শিন-লংদুনা লৈবাক্নে।
হল্লক্নে ময়ূমদা
শিন্নদুনা চেঙ মূৎ অমগা
শীঙ্খিবা হুমাং ঈরীকশিংদুগা।

ব্রাজে ময়ূম য়ৌরগা হেন্নদুম
শূরুরিবা থবক্তুগী শরুক চামা হেন্না।
মপূরোইবা য়ু ঙাওবদুগী
য়ৈন-কাঙড্রমনি মফোল থোক্লবা
চাক য়েঙ্খাং হাউরমদবৈ
য়ুথক শেল পীদবগী।

কপচৈ
উপায় লৈত লৈবাক্নে
পীক্লিবা মচাবু চেজেৎ কোন
নুপী ওইনা পোক্লবৈ
মচাবুসু নুপী ওইনা পোক্লম্বৈ
হয়েং মাগুম্না ব্রারুগনি খনবগী।

জুলাই ৫, ২০০৮

## খুঙ্গংশিং

আ অথাপ্পদা—
চীংয়াগী মতাইদা
খুঙ্গংনা তূমিন্না লেপ্তুনা লৈ
শহরগী কূম্মৈ য়েংদুনা।

য়েংবদমক য়েংলগা
লেংমান্নবগুম লেপমিন্নবদি ফংদা
মীতোপ ওইনতা লৈরবরা?
চহী কয়া
নকশিন্নবা ঙমদনা।

লোম্থোক্তবা মূর্তিগুম
শংবান্নরবা অতিয়াবু য়েং
মহৌশাগী ঈং-তপ্পবু ফাজিঞ্জদুনা
খৌরাংনা ঙাইহিরিবরা
নুংশিরবা মরূপকুম
লেঙ্গোন্নদুনা চৎমিন্নবা।

ওক্টোবর ১৯, ২০০৮

## শন

শাজে থা থাদুনা
থবক শীজিন্নবিরবা শনদু
গোবর্দ্ধন পূজা নুমিৎতা
লৈ পরেং শিবিদুনা
অশংবা শজীক পীজদুনা
পূজা তৌবী।

অদুবু
পেল্লমগদরা শনদুনা?

নবেম্বর ২০, ২০০৮

## রোবিন্সন ক্রুসো

মশাগী খোঞ্জেলগী খোঙ্খাং তাজবা নত্তনা
মীওইবগী খোঞ্জেল তাদ্রবা
মনীং মখা তৌবদা
কনাগীসু অথিংবা লৈত্রবা
অচীকপা ঈথৎতা
কপখি মহাক্তি
মীৎ কল্লা অমতা উশিন্দনা।

খৌরাংখি মতম খূদিং
মীয়াম তিনবা সমাজ
মীয়াম পূনবা পুন্সি।

নাইতোম ইথল্তা হিংলগা নীংতমগদবা নত্তে
নীংতম্বদি
মীয়াম সমাজলক্তা লৈবনি।

দিসেম্বর ২৮, ২০০৮

## চেকপল অমসুং খোংনাং

ঐগী মরীদি শাংগ্রে
লৈরোল চনখিবা অসিমক্নসু
হেন্না ময়েক শেংলকপগুম তৌই
হৌমিন কামিন্নরকখি
অরিবা লাইশংসিগা লেঙ্গা ওইনা।

নখোয় খগুলরোই
নোংমা থেগুলবা অহীং অমদা
চোংঙা মতৈ মনাও অনীখক চগুজফম পীখি।

লৈখি নুমিৎ খূদিং
কোয়না পাইদুনা লাপ্লা চাক্তাদুনা
অহীং য়ারেক্তুনা
তাংজফম লৌদুনা।

মবান্নীগী অমাগুবদনা
ইশা পূম্বা পূমতৈ তৈশিনবিরদুনা
নোংমা
অশীকপা মরূদগী মরা তাদুনা
পান্নী মচা অমখক হৌরকখি ইতম্বাকসিদা।

য়োকচবী মমাগুম
মাবু নুংশিনা শেন্নজখি
মনা অনীদগী অহুম
অহুমদগী মরি

শারেপ কাংদোং ফারকখি।

অদুদগী
তপ্না তপ্না ঐবু মিরাইরকখি
লুশম পায়দুনা ঐবু লাক্তুনা ঈপ্তোকপিখি
যুগ কয়া কয়া
মাগী খূয়াগী উফূল ওইনা ঐ লৈরকখি।
মার্চ ৫, ২০০৯

## ভাগ্যচন্দ্র অমদি শামুগী মূর্তি

শাংলবা চহী কয়া
ইম্ফাল শহরসিদা লৈরক্নি
হায়নীংবা অমতসু
হায়বা ঙমদনা।

কৃক কৃক ঈন্নরা
চৎলিবা মীয়ামসিগী মরক্তা
চৎলি
মীগী মায়খৃম উপ্লা
অহিংবা মানবা অশিবশিং
মরেং মরেং।

মশা মশাদি খঙদে
মখোয় শিরে হায়বা
ঐগী হায়বা ম্রাখলদা
লন-থুমদা মিকারি।

ঐ
মখোয় অমমম্তা ওইনা
মশক তাকপা ঙমগনি
অদুবু
ম্রাফম অমতা কাঙথোক্লরোই
হাংপা তৃপ্লা কনগ্রবা লমদমসিদা
ঈশামক উযৃল ওনখিগনি
ম্রা'মতা হায়দা ঙাঙদবসিমক্রা

লৈরিবনি মফম অসিদা ঙসি ফাওবা।

চৎন-কাঙলোন লৈঙাক্লোনচৎ লৈরক্তুবা
মপূসু মপূগী মনাইসু মনাইগী
চৎনীংবদা চৎ, তৌনীংবদা তৌবা লমদমসিদা
লোম্বোক্তবা মূর্তি ওইনা
লীশাং শীংনা লৈবদা
ঐ খাঙবা ঙম্লক্তরে।

ওইজগে মিয়াৎ তারবা ফাদোক
নমথী হ্যানৈ অপূম- অশা মরকসিদা
ইমা লৈবাক্কীদমক থম্মোয় শেংনা
খনবা মীশক্তু ওইজগে।

অমম্বা কাখূদগী
ইহান হান্না উজবা শক্তমদো
ইমাগী নুংশিবা অশেংবা
শক্তম ওইনা উজগে।

এপ্রিল ১১, ২০০৯

## তুরি অমসুং কেনভাস

ঙমখৈ লৈতবা অহাঙবসিদা
চিংশিল্লক্লি চৈখৈ কয়া
মশীং খঙদনা।

অতিয়াগী লৈমায়দা
লৈচীলগী মরক্তা
নুংশিৎকী ইপোমদা।

য়েক্লবা হোৎনৈ
মশা মশাগী মেপশিং
পৃথিবীগী কুরাংবান শেগায়দুনা।

হৌজিক্তি
তুরিগী পাত্রসিদা
মচু পুন্না অমদা ওইশ্রবদা
ঈখেং অমসুং অমন্বা মচু
কেনভাস অমদি তুরিসু
চাকখৎলক্লি মৈরী থোক্লা।

এপ্রিল ১৭, ২০০৯

## হৈবোং মনুংদা

হৈবোং মনুংগী তীলশিং
থেঙ্গায়নরি অমম্বদা
কোক কোকশিং।

মশানা মশাবু নিংথৌনি চাউথোক্রে
মানা মানা তৌনীংবদা তৌনৈ
ঙাঙনীংবদা ঙাঙনৈ
অমনা ঙাঙবা
অমনা তানদে।

মখোয় মশেল
অমগা অমগা হাৎতোক্রে
অকনবনা অচুম্বা শক্রে।

হৈবোং মনুংগী তীলশিং
খণ্ডজদ্রি মখোয়দি
পাক-চাউরবা তাইবংপানগী
মঙাল উজবা ওমদ্রবা
ইতিহাসকী লাতমদগী
মশাগী খোঙ্গুল মৃৎথৎনবা হোৎনরিবা
লৈখা তারবা
তোল্লবা জীবনি হায়বা।

এপ্রিল ২৮, ২০০৯

## নুপীগী শক্তম

শমনা মফৈ অমতসু চোইহন্নীংদে নুংশিৎতা
হূদুনা পুখিনি
চেঙহীগী মনম।

নুপীদি
থেন্দুনা থম্বা পোৎশক নত্তে
মিকাবা কনাগী
মীৎকী মমাঙদা।

অপীকপা ব্রাখলদনা
অখূবা মীৎয়েংদনা
পাউথোক্লীংবা পাউথোকপিরবসু
পীবিনীংবা মিংথোল পীবিরবসু
সিমদি খঙহন্নীংঙি।

নুপীগী পুক্নিদি
কৎথোক্লবনি অব্রাবা কয়াদা
মশাগী হায়বা খাক্তনা।

নুমিৎকী মঙালবু চূপশিনবা ঙন্নিবা
অঈংবা মায়থোঙ
অমেঙবা শকফম্না লৈতেংলিবা
পূক্লিং হূনা শুস্কাৎলবা
থোৎ-নৌরবা
থাজগী মায়থোঙনি

নুপীগী থম্মোয়গী মশক উংলিবা
খাঙবা কনবগী মঙালনা য়োল্লিবা।

অমুকসু
সনাগা পাংখক্নি
অচাকপা মৈনুংদা
মথৌ শঙলিবা
পুন্সিগী অবা মৈশারক্তা
মৈ ঈক্নিবা।

পূক্নিং তপ্পদা
ঈশিংনি
অচাকপা মৈরীবু মূৎথৎলিবা।
থৌজাল হৈবদা
অতিয়াগী মশক্কি মপান নাইদ্রবা।

মালেমবু লৈশেন্নিবা
নাউশুম হাইরিবা খূৎনা
অমম্বদা মৈরা ঝাংনা থাঙ্গৎলদুনা
নুংশিবগী মঙাল য়েল্লিবা
লাইরেম্বীনি,
মমানি পূম্নমক্কী
নাউশুম থৌরী পাইরিবী।

মে ৩, ২০০৯

## য়াওশঙ

খাংপোকশঙশিং
মৈ ব্রং ব্রং হৌনা চাক্লি
অঙাংশিংগী মখূৎনা
মৈবুল পায়দুনা মৈ চূরি
খাংপোকশঙগী
শাইজিন শাইয়াশিংদা।

অঙাংশিং
মনীং তম্লা মৈ চূরি।

য়াওশঙ।
মতমসিদা য়াওশঙ
ওইদুনতা লৈরি লমদমসিদা
শেল খায়রি অঙাংশিংনা
বোম বস্থুলা থা থাদুনা।

কোয়চৎ চৎলি লৈরাক কোল্লাংশিংদা
আবেরনা মশা পূম্বা
পূমলূপ লূপ্না তৈশিল্লদুনা
মখূৎতা নোংমৈ পায়রদুনা।

মতমসিদা
মফি মুনবিশ্রবা অহলশিং
খাঙলি
মমীৎ উইশিন্দুনা

মনা মেমশিন্দুনা
কৈদৌঙৈ লোইগদগে য়াওশঙ?
জুন ২১, ২০০৯

## ঐ শিবগী পাউদম

অহীংদু শূক্রা মন্মী
মায়কৈ লেপ্পা ঙমখিদে
করিসু খল্লুদনা ঐ
নোংমগী শূ-নোমুরগা য়ূমদা হুঞ্জরকপনি
উখি লম্বীদা গাড়ি মৈঙাল
অদুদগী হকচাং তাপ তাপ পায়রকপদা
ঐনা হায়খিব্রা
করিসু য়াওদে ঐ মীচমনি
মসিগী মখা ঐ হায়বা ঙমখিদ্রে।

শকখঙনদ্রিবা থৱায়শিংদুগা লোয়ননা ·
অহীং অদু
নোংমৈ মরূশিংনা
ঐগী হকচাং মনুংদগী ফাওদোকখি।

খঙহৌদবা মীকূপতা ঐ
ঙাক্লৌ শংতোকখ্রবা
অমনবা খাংপোকশঙগুম
লৈমায়থক্তা তুথখি।

নোংঙাল্লকপদা
মায়কৈ শলাই খঙদনা
চেল্লুরবা ঐগী থৱায়না
ইনাক্তা ইশুক শূকথনা চঙলক্লুনা
ঐগী হকচাং পায় পায়দুনা হৌদোরকপদা

ঐ শিরে হায়বা খঙলকখি।

নঙশিল্লবা ফমজিল্লবা অঙাংবা ঈখেং মরক্তা
তারি কাপথোকখ্রবা তোক্লীংশিং
লৈরি ইকোপ কোপ্লবা পিষ্টোননা
ঐবু মীকুপ নাহুম শেন্নদুনা।

ঐ শিবগী মরম খঙদে
ঐ মীচমনি হায়বসিখক্তি খঙঙি।

জুলাই ৭, ২০০৯

## লানগী মৈরী

হৌজিকসু
খুরি লানগী মৈখু
তেক কায়রবা মরক্তা
হনখিদ্রি লান্মী অমতসু লানফমদগী।

তাখিদ্রি
মায় পাকপগী
লান ওস্বগী খোঞ্জেল অমতসু।

লানফমনি
খুৎলায়তা ঙায়শিল্লক্লবা
লান্মী লোইরক্লবা।

ঙাইহিরি
য়ুমথোং খুদিংদা
লুপ্লাবীশিং পীতৎ পাতৎলবশিংনা
লান লোইবা।

ওগষ্ট ৩০, ২০০৯

## অঙৌবা খুনু

চৈথেং কয়াগী ৱাংলবা শম্বল লান্দুনা
ৱাখলগী অশূকপা উমং ফাওদুনা
নুংশিবা চাম্মা চাম্মা
মালেমগী য়ূমথোং খূদিংদা য়েল্লুনবা
শংবান্নরবা অতিয়াগী মখাদা
কোয়না পাইরিবা
শিকারগী তেঙ্গৈনা পাল্লবা
অঙৌবা খুনুদু ঈ তপ তপ তারি।

চাইরি চীং তম খুঙ্গং শহর
ঈনা লৈ ওইনা।

চৈনাখোল খাওদুনা পাইরিবা অঙৌবা খুনুদু
মশা পূম্বা পূমচোক চোকথরদুনা
তারি লৈমায়থক্তা ঈনা পূমলূপ লূপ্লদুনা
মচু তাইফেং তাইনা।

সেপ্টেম্বর ৩, ২০০৯

## মাঙখ্রবদা

থিরি
মায়কৈ খূদিং
পূম্মম মন্লবা অমম্ববসিদা
মাঙখ্রবা ইশাগী শক্তম
অমদি
মূংখ্রবা ইশাগী খোঙ্গূলশিং
মা মাদুনা।

হাংদোক্লুনা
অমম্বা ফীজও
হন্না হন্না থিগনি
ঐগী পুন্নারীগী য়ুম্ফমদা।

সেপ্টেম্বর ৫, ২০০৯

## লান

কয়ারক হন্না মৃৎথৎখি
মশীং খঙদ্রবা খোঙ্গূলশিং
অ্বারগী ঈথৎনা
শেংনা চামথোকখ্রবা লৈমায়গুম।

থন্নম্মী খোঙ্গূল কয়া
অনৌবা লাকপা মীরোল কয়ানা
অদুবু অদুগী অদুমণ্ডায়
অমুক্তং হৌরকপা ঈথৎনা
শীৎ শীৎনা পুখিবগুম খোঙ্গূলশিং।

পুখি অমুক্তং হৌরকপা
লাননা জাতি অমদি সভ্যতাবূ
মরায় চায়থংহল্লদুনা
লৈখা তানবগী লম্বীদা।

ওক্টোবর ৭, ২০০৯

# থৌনা

কুইরক্লে ঐখোয়
অমম্বা শুরুং মনুংসিদা
স্বর চনীং চমাঙ শম্নদনা হিংলকপা।

ব্রামনখ্রে ঐখোয়
অসুক ব্রানা হিংবা হৌনব্রা?
থিসি অহীংগী অমম্বা শেগায়দুনা
অয়ূক্কী মঙাল।

মায়থীবনা লোনশিনখিবা
পৌরোল চাম্মা চাম্মা হাংদোক্কুনা।

মায়পাকপগী কোকপা নাইদ্রবা মচুশিং
শঙলদুনা ঐখোয়গী ফীরালশিংদা।

চৎসি পুরদুনা অকিবা য়াওদনা
চিংনবা লৈতনা।

খূদিংমক থেংননবা থৌনা
য়াওরিবনি ঐখোয়দসু থেংনসি
শীংনসি শীংনরকপা খূদিংমক।

নবেম্বর ১১, ২০০৯

## অনৌবা নুমিৎ

ইমা,
কুরুক্ষেত্রগী লানফম
ওল্লবা নতম্বাকসিদা
শীম্বুরি অঙাংবা ঈখেং নচাশিংগী।

উরিবসে মীৎমাঙদা
লান নত্তে শোক্লরিবা
ঈ নাই তানরিবা
খঙনবনি ঈগী মচু অমতনি
মচীন মনাওনি হায়বা।

কোনশিল্লুনে ইমা
লানফম ময়ায়সিদা নচাশিংগী ময়ায় খায়না
নপাম্বোম অনীনা ওয়গা য়েৎকা
হিংমিন্নবা হৈত্রবা
নুংশি চান্নবা খঙদ্রবা নচাশিংবু
নঙগী মমা ওইবীগী মিনুংশিগী গুণদনা।

ওসিদি ইমা
মায়থীখ্রবা অদুগুম্বা নুমিৎশিং অদু নত্তে
ইনৌ নৌবা অহানবা খোঙথাংনি
নুংশি চান্নবগী অমতা ওইবগী
অনৌবা সভ্যতা অমা শেম্নবগী
অনৌবা ইতিহাস অমা ইনবগী।

নবেম্বর ২৮, ২০০৯

## চরক চহীংনরবা পুন্সি শৈরোল

পুন্সি
অয়েকপা লাই ওইনা
তাদুনা লৈরি
লাইয়েকপা অমগী অমম্বা কাদা।

২
নোংমা শকখঙনগনি ঙাইরিবনি
ইমি তাদ্রবা তোর্বানসিদা
ঈপাকসি
ঙসিদি ঈথক হৌদে
হিনাউ অমতসু হোল্লমদে
অয়েকপা লাই অমগী কেনভাসতা।

৩
ইতিহাস।
থিবা ফংখিদ্রবা
লৈরোল চনশ্রবা অমম্বদা
কপ লাউরিবা মমাগী খোঞ্জেল মরক্তা
লমদমসিগী ৰারী কয়া থৌদোক কয়া।

৪
অহীংসি
হৌজিকসু অমম্বা পোমফ্রিনা কৃপশিন্দুনা
কিনা তৃল্লি অশি ফমুংদা
ঈখেং তৈরবা উচেক মচাশিংগী

য়াকাইরোল ঈশৈ তানবা।

৫

ঐনা ঙাইরিবা

অহীং অসিনা মীকপ থোরকপনি।

মতম।

অহীংসিদা মমীৎ পাংবা উচেকশিংদি

লাক্লা লাক্লা খোংলি

অমম্বা অতিয়াদা মনীংতম্না পাইদুনা।

জানুৱারি ২৮, ২০১০

## নোং হাংলো

উমংগী উশিংগী উকাদা য়েপ্লি থব্রায় খরা।
লানমৈনা ইকোয় কোয়না চাকখ্রবা উশিংগী উশাদা
থৃপ্লি য়েন্নীংথানা মকুম পাম্থা ঙাইরদুনা।

খোংলি ক্বাক অমনা য়াম্না য়াক্লা উমংগী অকোয়বদা
অব্রাবগী পাউ তল্লদুনা।

মকু অমা নাহেরি শোম্থাংননা
অরোন-অথৃপ খঙনা।

কোয়চৎ চৎলি উমংগী লম্বীদা
মবৃক লাল্লবা কৈশালশিংনা চারাম্লনা।

হৌজিক নোং কন্না চুরি। নুংশিৎ অসিসু কয়াদা কন্না শীৎলিবা
উশা ব্রাশা খুদেক্তুনা মরূ ফৃক্তুনা।

লোইনা হুমদোকখ্রে উচেক মচাশিংগী অপীকপা মহূমশিং।
মচীননা চীক্তুনা অকংবা উনা খোমজিন্দুনা
শেমজখিবা অপীকপা মহূমশিং।

থাপ্লা নূংজাও অমগী মথক্তা
ঙাইরি অঙৌবা খুনু অমখক নোং হাংখিবা।
ফেব্রুয়ারি ৮, ২০১০

## মণিপুর

মণিপুর।
অল্লাৎপা লৈতে
নওগী নশাইকোল
মহৌশাগী চীং-পাৎ তুরেল
উমং ব্রামংনা
কয়াদা ঈং তপ্লিবা
কয়াদা চমজরিবা।

লোইরোইনবা চীংশিংনা মরোল নাইনা
পরেং পরেং খূৎশম্নুনা লেপ্লি
অচীকপগা লেঙ্গোন্নদুনা।

থৎতুনা থল্লি
অশংবা তম্পাকপু কোয়শিন্দুনা
অপূনবগী শক্তুমবু কায়দনবা।

চেম্বুরক্লি
লোকলমশিংগী অপীকপা ঈরোংশিংনা ঈতিন্নদুনা
তৎন-থানদ্রবা মরী থমদুনা
তম্পাক লমগা
কংবা নাইদ্রবা তুরেল ওইনা।

তম্পাক্তগী পাইখিবা ঈশিংনা ঈনিলনা
লৈচীল ওইদুনা
শান্নমিন্নরি চীংদোলশিংগা

পৃকচেল খোইজেন তিন্নবা
চীংজিনগী মপাউ পুরদুনা।

শংহল্লি
মখোঙ ফৃইরবা নোংলীকশিংনা
চীং তম অমতা ওইনা।
মহৌশাগী চীং পাৎ তুরেল
উমং-ৱামং
নখোয়দি লৈমিন্নরি নুংশি চান্নবা
অমতা ওইনা।

করিগী খারি
ঐখোয় মীওইবনা
ঙমখৈগী শম্বল
তোখাই তাবগী ৱাখলনা।

হুমদোকখ্রো
পৃক্লিং অতিয়া
কৃপ্লিবা অমুবা লৈচীল।

ঙাল্লসনু
মেরা থাউমৈনা
অপীকপা ৱাখলগী
অমম্বা কাখৃশিং।

মার্চ ৫, ২০১০

## খোঙ্গূল

অথেঙবা অহীংদা
মায়কৈ খঙদনা তারি
নুংশিরবা বাঁশিগী খোঞ্জেল অমা।

খোঙ্গূল।
ময়েক শেংবা হেল্লক্লি
খুঙ্গংগী অপীকপা লম্বীশিংদা
তারিবা কংশিনখ্রবা খোঙ্গূলশিং।

ঙসিসু
তারি উফূল থাংলবা লম্বীশিংদি
অপীকপা নাব্রাশিংগী খোঙ্গূল মচা মচা।

বাঁশিগী খোঞ্জেল
হেন্না হেন্না নকশিল্লক্লি
তপ্পা তপ্পা নোংঙানথোরক্লি।

এপ্রিল ২৫, ২০১০

## উচেক

হৌরি লম্বীগী চিদাইদা
উফ্লনা কৃপশিল্লবা
অকংবা উপাম্বী অমা।

শারবা নুংথিলদনি
উচেক অমা
অকংবা উপালদা তোংদুনা
খঙহৌদনা খোংলকই
খোঙ্থাং য়ৈনা
পাইরকপদা অমুবা নোংগী মপৈনা
পাইখি অতিয়াদা মনীং তম্না
মশা খপ্তুনা।

লৈরি তেকথ মঙ্গুরবা খাংপোকশঙশিংদদি
ফনেক মচেৎনা চেৎনা য়োমদুনা
লীক্লু পরেং মপোপ কায়দনা
লোৎলি ফিজিশিংদা য়েন্নীংথানা।

মে ১২, ২০১০

## অহিংসা শান্তি

অমম্বা মপৈ মপৈনা
কৃপশিনখ্রে ঙাঙ্গান্নবা নুমিৎকী মঙাল
অদুদগী অমুকসু
ঐখোয়গী পুন্সিবু।

হৌখিসনু অমম্বা অহীংসে
অহীংসিনা লোইদ্রিমখৈ ফংলোই উবা
অয়ূক্কী মেঙলবা মঙাল।

অহীংগী অমম্বনা লোইখিবগা
অয়ূক্কী তরং তরংবা
মশেক মঙালনা ফাওগৎলকসনু
অমম্বা মপৈ মপৈ নমথেক্তুনা
মালেম পূম্বা ঙালহল্লদুনা।

নৈর-নৈরগা সমুদ্র
থোরকপগুম অমৃত
মীওইবনা ব্রার ব্রারগা
ব্রাবনা পন্দোম লোমদুনা
খাঙবা ঙম্লক্তবা মতমদা
থোরক্কনি মথন্নতা
অহিংসা, শান্তি, অচুম্বা।

লৈগনি থম্মোয় খূদিংদা তূংদুনা
ঙাল্লদুনা যুগ শম্না লেঙদনা

## মিনুংশি

মিনুংশি
ঙসিদি মীশিংগী থম্মোয়দগী
মাঙখি মায়কৈ খঙদনা
নঙনা চৎখিবা লম্বীসিদদি
তাহৌরি ঙংলম্বা ঈশৈগী
মচেৎ মকাই তারবা সুরশিংনা
তিংখং ওইনা
থম্মোয়গী থোঙ্গালশিংদা।

ঙাইরিনে ঐনা নঙবু
লৈকংলাগী তোর্বানসিদা
মিনুংশিগী ঈরীক কংখ্রবা থম্মোয়শিং
হি অমতা হোনখিদ্রবা মতমসিদা
ঈচেল কংখ্রবা তুরেলদুদা।

মিনুংশি।
কংখ্রবা পিগী ঈরীক অমা ওইখ্রবা
মতমসিদা
অপীকপা উফূল মরীক্কুম
অকনবা নুংশিৎকী শান্থমনা
হঞ্জিন হঞ্জিন হুমদোকখি
মফম খঙদবা
মশক উদবা
লমদম অমদা।

মিনুংশি।
তুম্নবা তিংখংগী মতোনদা
অপীকপা লীক্লাশিংগা
কায়দোংমিন্নরিব্রা কেকু লোৎলদুনা।

ঐনা
থিরিনে নঙবু
নঙবু থিবদা ঐ
পূমচোক চোকথরে।

লোৎলিব্রা
শনম মীনম তাদ্রবা
মফম অমদা
থাপ্না তাম্না
থম্মোয় খূদিংদগী।

ঙাইরিনে
চীংশিং উপালশিংনসু
মমীৎ চেজেৎ উইশিল্লদুনা
নোংমা মঙাল ফংননবা
ধ্যান তৌরিবা মুনিগুম
খাঙলি
উচাল মনা অমা ফাওবা
হাই হুমদনা।

মিনুংশি
ঐনা থাজেনে
নঙ নোংমদি শোয়দনা লাক্কনি।
তারকখিগনি নোং
মীওইবগী থম্মোয় লৈকংলাদা

চেল্লগনি মিনুংশিগী ঈচেল
শিংলী নাউরি খুদিংমক্তা
ঐনা ঙাইহিরি
নোংগী নোংলীক ঙসিসু।

ওগষ্ট ২২, ২০১০





**অঙোম সরিতা দেবী** জানুৱারি ৪, ১৯৮২ ইংদা ফয়েং ময়ায় লৈকায়দা পোকই। অপোকপগী মিং অঙোম নিংথৌ অদুগা অপোকপীগী মিংনা নিংথৌজম নিঙোল অঙোম ওংবী অঙৌরৈ দেবী কৌই। অইবী অসি মণিপুরীদা ওনর্স তৌদুনা বি এ লোইশিনখ্রে। হৌজিক হৌজিক মণিপুরী লিটরেরি সোসাইটি, ইম্ফালগী মেম্বর ওইরি। হন্দক ফোঙলিবা মী অমসুং শা হায়না মিংথোনবা শৈরেং লাইরিক অসিনা অইবীগী অনীশুবা লাইরিক্নি।




**মণিপুরী লিটরেরি সোসাইটি, ইম্ফাল**

**মমল ঃ লুপা ৯৫/-**